বঙ্কিমচন্দ্রগী

# যুগলাঙ্গুরীয়

( খুদোপ্পুঙবা )

[ মঙাশুবা স স্করণদগী হন্দোকপা ]

হন্দোকচবা—

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

ইম্ফাল ।

ফোংদোকপা—

ষ্টুডেণ্টস ষ্টোর, পাওনা বাজার

ইম্ফাল ।

মমল নয়া পৈশা ০.৫০

# যুগলাঙ্গুরীয়

## অহানবা তাঙ্কক

মী অনিখক লৈকোন্নুংগী উরিগী কালোক মখাদা লেপ্তুনা লৈবি। মতমত্তুদা থাইনগী নগর তাম্রলিপ্তগী * মথোং চামথোক্লত্নুনা মপাল নাইত্রবা শংবান্নবা সমুদ্রনা তপ্লি তপ্লিবা খোম্থাংদা নিল্লি।

তাম্রলিপ্ত নগবগী চিদ্মাইদা সমুদ্র মপান্দা ঙক্লা ফজরবা চাওরবা দলাল অমা লৈ। মহুগী মনাক্তা শংং-চনা ফজনা শেম্লবা পোত্থাফম লৈকোল অমগী মপদি ধনদাস কৌবা ইনাকশনবা লল্লোনবা নিপা অমথক্লি। ললেনবা অসিগী মচানপী হিরণ্ময়ীনা উবিগী কালোক মখাদা লেপ্লত্নুনা পাখং অমথক্না রাবি শাবি।

হিরণ্ময়ীগী থাজ-যোগ্লবগী চহি মতাং লাম্থোবক্লে। মহাক মপুক্লিংনা খোইদাজবা মপুবোইবা য ননবা হায়ত্নুনা মশাগী চহি তবামাথোই শুবকপদগী শুকলেপ লেপ্তুনা চহি মঙা সমুদ্র-মপান্দা লাৎলিবী সাগরেশ্বরী কৌবী দেবীগী পূজা তৌরক্লিবনি, অত্নবু নিংজবদি খুংবা লৈত্রি। মপুং মবেপ ফাবক্লবী লৈশাবীসিনা করিগী দমক পাখংসিল্লা লোম্না রারি শাবিবনো হায়বসি মযামস্থু ইখণ্ড মখণ্ডনৈ। হিণ্ময়ীনা

---

* হৌজিক্লা তমলুক। থাইনগী রারিদা কংই, থাইগদি নগব অসি সমুদ্র মপান্দা লৈবম্মি।

চহি মরি শুরকপা মতমদা পাখংসিগী চহিনা নিপাল শুরে। মাগী মপা শচীসুত হায়বা ললোনবসি ধনদাসকা লৈকাই অমত্তা লৈবা মীনি, অদুনা মবানিসি অঙাং ওইরিঙৈদগী পুল্লপ শান্নমিন্নবকই ; শচীসুতগী মযুমদবা নত্রগা ধনদাসকী মযুমদরা মতমচুপ্পা পুন্না ইরৈতা মরৈমিন্নবকই। হৌজিক্তি লৈশাবীসিগী চহি তরাতকুক হাযবে, পাখংসিগীনা কুন শুবে, হৌজিক ফাওবা মবানিগী অঙাং ওইবিঙৈগী মুংশিনবদু লোংদনদি লৈবি হাযববু, অকাযবা খজিক্কুংদি থোক্লে। মতম চানা মখোই মখোইগী অহল-লম্মন্না পাখং লৈশাবী অনিসি লুহোংবিনবা ব্রাবোইনগ্রবনি। লুহোংবগী মুমিৎ ফাওবা লেপ্লখ্রে। অদুবু ইখঙ-খঙহৌদনা হিবংমইগী মপানা হাযবক্লে, “ইচান্নবী পিববোই।” মতমদুদগী হৌনা হিবংমইনা পুরন্দরগা অমুক উনখিদ্রে। ওসিদি পুরন্দরনা লুব্না রা অম লৈবে হাংদুনা নাম্না হাযজখোৎচ তৌদুনা কৌথোক-হল্লুবনি। উবিগী কালোক্তু যৌবক্লবদা হিবংময়ীনা হাযরকই, “ঐবু কবিগী দমত্তা কৌহল্লবিবনো? ঐ হৌজিক অঙাং নংলক্তে। মতমসিদা নংগা অমুম্বা মফমদা ইথন্তা উনবা হায়বসি যজবা থবক নত্রে, অমুক কৌবক্লবদি ঐ লাক্লরোইদবনি।”

চহি তবা তরুক শুরবী মুপীমচাগী মচিন্দা ‘ঐ অমুক অঙাং নংলক্তে,’ হায়বা ব্রাঙাংসি তাবদি ওন্থোক্লা খোইথুম্নবগী মশক্নি। অদুবু রস অদু খংবিগদবা মীশক্তি মফমদুদা কনামতা লৈখিদ্রে। পুরন্দরগী চহিগা মপুক্নিংগী ব্রাখলদুগনদি অদুগুম্বা মীওইদু থোকখিদ্রে।

পুরন্দবনা কালোক্তুদা য়াম্বরক্লিবা উরিদগী লৈ অমা থৎলগা শেগাই শেগাইবদুনা হায়রকই, “মতুংদা অমুক কৌরক্লরোই ; ঐদি

থাপ্লবা লমদমদা চৎপা তারে। মতুং নঙোন্দা হায়রমগে হায়তুনা লাকপনি।"

হি। অথাপ্পা লমদমদা? কদাইরাইদা?

পু। সিংহলদা।

হি। সিংহলদা? কবি রানো অহুদে? কবিগী দমক্তা সিংহলদা চৎকদৌরিবা?

পু। "কবিগী চৎকদৌরিবনো হায়বা? ঐখোইদি ললোনবনি, ললোনবা চৎকদৌরিবনি।"— অসি হায়না হায়না পুরন্দরণী চিংমুদা পিগী হৈবা চেক্লে।

হিরণ্ময়ী মাইংগা লা শিনখ্রে। রা মচেৎ অমতা ঙা থিদ্রে, মনিং ইকুপ দুপ্পুনা মমাংদা উবিবা সমুদ্রগী ইথক্তা মুনিংকী মশেক্তা হবাঙনা শাম্নিবহু যেহুনা লৈরে। অথুক্কি নানিবনা লিবি-লিবি শিৎলি, তপ্পবা মুশিংগী ইপোমদা ইহৌবকপা পিক্তকপা ইথক্তা নৌবিবা কেবৌ মশেন্না তোলহুনা হাই-হুম্না লৈবি—সমুদ্রগী লাইজদা মাগী পান্নেপখম লৈত্রবা অববা পবেংনা ইশন-শন্দোক্কি-মুবপ তৈবী মুপীগী মশদা লুপাগী লিক-কোলনা লৈতেংবগুম কোঙ্গেংলগী মপৈনা লৈতেলি, তোর্ববান্দা লাইজ-তাবী চেক্লাশিংনা অঙৌবা লৈই চিংবগুম্না পরেং পবেং পাইরি।

হিরণ্ময়ীনা পুন্নমকসি য়েংলি, অশংবা লাইজ য়েংলি, ইথক-মতোনগী কোজোল পরেং য়েংলি, কোরৌ মশেক্তা মুংঙাইনা শাম্নবা য়েংলি, অথাপ্পদা চৎলিবা মৈগী হিহু য়েংলি, থকী শংবান্নবা ফীজংদা অমুবা বিন্দুগুম উচেক অমা পাইরিবহুমু য়েংলি। মমৈথংদা লৈমাইথক্তা

কেল্লবা অরুংবা লৈ অমা তম্না অস্থম য়েংলহুনা হায়রকই, "করিগী নংনা চৎকদৌরিবনো, মমাংঙৈদদি নখোইগী বাবানা হেক হেক চৎপদাই ।"

পুরন্দরনা হায়রকই, "ঐগী বাবাদি অহল ওইরক্রে। হৌজিক ঐহাক লল তাম্নবা মতম য়ৌরক্লে। বাবানা ঐবু চৎনু হায়রবনি।"

হিরণ্ময়ীহু উরিগী কালোক্কী মখোংদা মরাইবক্তু ভাথগ্রে, মতমত্তুদা পুরন্দরনা উবকই, মাগী লাইবক থুপচিল্লক্লে, চিনবান পেহৌ পেহৌ তৌরক্লে, নাতোন নাকচি ফন্দোরক্লে। মমৈথংদা খংলক্লে, হিরণ্ময়ী চাননা কপ্লে ।

পুরন্দর মমাই লৈথোকখ্রে। মাস্থু অমুক্তং আকাশ, পৃথিবী, নগর, সমুদ্র পুম্নমক লৈহুনা য়েংঙকই, অহুবু কবিম্নতা উব। লৈখিদ্রে—পিগী ইচেন্না মখজাই থুম্না চেন্থরক্লে। পুরন্দরনা মপিহু তৈথোক্লগা হায়রকই, "ব্না অসি হাযগে হায়হুনা লাকপনি। নংগী বাবানা নংবু ঐঙোন্দা শুকপি পিররোই হায়বা মুমিত্তুদগী হৌনা ঐ সিংহলদা চৎলগে হায়বসি খল্লক্রবনি। ঐহাক সিংহলদগী অমুক হল্লক্ররোই হায়না খল্লে। নংবু কাওবা ঙম্নবা মতমত্তুদতা হল্লকনি। ঐহাক ব্না য়াম্না ভাংবা হৈতে, নংস্থ অহুক য়াম্বদি পংখঙ খঙবা ঙম্লোই, খজিক্তং অসিনা নহাক খংগনি, ঐগী ইফমদদি জগৎ সংসার অসিনা না-ম, নংনা না-ম তারবদা জগৎসি করিস্থ লৈত্রিবনি।" অসি হায়রগা পুরন্দরনা তুং খংহন হন্দুনা খোংকাপ খরা থাংলগা উ অমগী মনা থদত্তুনা লৈরে। পিগী ইচেলহু হাইফেত্তুং লৎলক্লবদা অমুক হঙ্গিলক্লহুনা হায়রৈ, "নংনা ঐবু মুংশি হায়বা ঐ খংই। অহুম অহুম ওইনমক

নহাক অতোপ্পগী মুপী ওইখ্রগনি। অদুনা নং ঐবু খক খল্লুবা তৌরগনু। নংগা ঐগা হন্দক মপোক্কা অমুক উনদবা লাই নিংউ।"

অসি হায়রগা পুরন্দর থুনা য়াংনা চৎখ্রে। হিরণ্ময়ী লৈমাইথক্তা ফম্লদুনা কপ্পুনা লৈহোরে। কপ্পদু লেপ্পগা মহাক্না খল্লকই, ঐনা শিবা থোক্লবদি পুরন্দর সিংহলদা চৎখিগদ্রা? 'ঐনা করিগীনো ইচক্তা উরি-যেৎশিন্দুনা শিদ্রিবা, নত্রগা সমুদ্রদা চোংথদ্রিবা?' অমুক খল্লকই, 'চংক চৎখিসনু, মদুনা নিঙোন্দা কৈদৌনি?' অসুম্না খন্ন-খন্ন হিরণ্ময়ীদু অমুক কপ্পা হৌরক্লে।

---

## অনিশুবা তাঙ্কক

কবি মবম্নদগী ধনদাসনা হায়খ্রিবনো, 'ঐ পুরন্দরদা হিরণ থাজরয়োই' হায়বা রাফমসি কনামতা খংনদে। মহাক্না মদু কনাদসু হায়দোক্কে। হংলগা খুম্মি, "অরুবা মরম অমা লৈ।" হিরণ্ময়ীবু হায়বা মী কয়া কয়া লাকই, অদুবু ধনদাসনা কনাগুম্বা অমতদা পিখিবা লৈতে। লুহোংবগী রাফমসিমক্তবু মনাদা শুকহাপ হাপ্পে। "মুপীমচাসি চাওশিল্লক্কে" হায়দুনা মাগী মুপানা ফনা ঙংজে, ধনদাসনা না-ওইনা তাবিদে; অসিতমক খুম্মি, "গুরুদেব লেংঙকখিসনু, অদুগা খল্লগনি।"

পুরন্দর সিংহলদা চৎখ্রে। মহাক্না সিংহলদা চৎখিবা মতুং চহি অনি অসুম্না হৌখ্রে। পুরন্দর হল্লক্ত্রে। হিরণ্ময়ীবু থাজ-য়োক্লকনু করিমতা তৌদ্রে। হিরণদু চহি তরাপ্পানিপাল শুরক্লদুনা লৈকোলনুংগী

মনা অনৌবা চোংখৎলকপা হৈনৌ পাম্বীগী মতৌগুম ধনদাসকী ইমুংদু লৈতেংদুনা লৈবক্লে ।

হিবণ্ময়ীদি মতুদা থোইনা ন্নাক্সবা লৈতে । লুহোংবগী ন্নাকম্বু কাংথোক্লক্লবদি পুবন্দববু হেক নিংশিংলকই ; মাগী অদুগুম্লবা ফুগাইনা শাৎলবা লৈবাং পবেংনা লৈতে বা থোইথোই তৌবা শম্লা না কোইশিনবা নিংথি মিনোক্কী মাইথোংদু নিংশি লকই ; মাগী অদুগুম্লবা শামুমযামুক ঙৌববা লে জুমথক্তা সনাগী লৈবাং হৎলবা শংবাম্লবা নমখাং অদু নিংশিংলকই ; থম্বাল মানবা খুৎশাদা হীবাগী খুদোপশিং অদু নিংশিং-লকই ; হিবণ্ময়ীনা কপ্পতমক মথ ই । মপানা যাথংবু থারবদি মাশক খনবা তৌদনা লুহো বদা তাই, মতুনদি মঙোন্দ। চংনা চংনা শিবগুম থোক্লগনি । অদুমকপু মাগী লুহোংবগী মবমদা মপানা মপুক্লিং ইচং চংদবদু উবদা, হবাওববসু হবাওদ্রবসু, ঙকপা অমদি পোক্লম্মি । কনাগুম্বা অমতনা চহি অম্লুক য়াম্ল-ফাওবা মচাম্লুপী লুহোংদনা খক থম্লদে— থম্লবসু পিন-খোৎনবগা থম্লে । মাগী মপানা মসিগী মরমদা নাদ ফাওবা হাপত্রিবসিদি কবিগীনো ? নোংমদি ইখং খংহৌদনা মসিগী মবমদা লংজিন খজিক্তং ফংলে ।

ধনদাসনা ললোম্লবগী দমক চীন লৈপাক্তা শাবা ফজরবা কেপ অমা ফ লম্মি । কেপ অসি কনা চাওই— ধনদাসকী মুপীনা মতুদা মাগী লিক-কোল থম্মি । ধনদাসনা লিক-কোল অনৌবা খরা শারদুনা মাগী মুপীদা থোনবিরে । মাগী মুপীনা হাম্লগী লিক-কোলশিং অদু কেপকা কোম্লনা মচাম্লুপীদা পীরে । লিক-কোলশিং অদু লোইশিন-খোমজিনমদা হিরণ্ময়ীনা মতুগী মমুংদা লাইরিক ইবা চেজেং তংখাই অমা য়াওস্লম্বা থেংনরে ।

হিরন্ময়ী লাইরিক পাবা হৈ। চেজেত্তুদা ইহান হান্না মাগী মমিং য়াওবা থেংনরতুনা মহাক য়াম্না ঙকখ্রে। মানা পাতুনা য়েংবদা, চেজেৎ তংখাইতুদগীদি, করিগুম্বা ভাব তানা খংবা য়াবা অমতা থোক্লে। কনানা কনাদা ইরিবনো হায়বতুসু খংফম করিমতা লৈত্রে। অতুমকপু মতু পারুবদা হিরণ্ময়ী য়াম্না কিবা অথুকপা অমদি পোকখ্রে। চেজেৎ অতুদা অসুম্না ইবি ঃ—

"পাপ্তী হোত্তুনা যেংব
হিরণ্ময়ী গুম্বী শনাগী লাই
হোংলবদি শাথীনা রাগনি।
ফাওবা অমগা অমগা।"

হিবণ্ময়ীতু খংদবা অরাবা অমা থোক্লগত্রা চিংনতুনা মপুক্লিং য়াম্না রারে। কনাদসু হায়দোক্তনা চেজেত্তু নিংথিনা থমজিল্লে।

## অতুমগুবা তাক্কক

চহি অনিগী তুংদা অমুক চহি অমসু হোখ্রে। অতু ফাওবদা পুরন্দরতু সিংহলদগী হল্লকপগী পাও অমতা তাখিদ্রে। অতুবু হিরণ্ময়ীগী থম্মোইমুংদা মাগী শক্তমদি হান্নগুম ঙান্দুনা অতুম্মক লৈরি। মহাক্না অসুম মথন্তা খঞ্জরকই, পুরন্দরনসু মহাকপু কাওবা ঙমদ্রি— মত্রমদি নহালনা হল্লক্লগদবনি।

অসুম্না অনি অমগা অমা অমগা পুন্দুনা চহি অহুম গুরক্লবদা

নোংমা খংহৌদনা ধনদাসনা হায়রকই, "চৎসি, ইমুং-মচুং হুপ্পা কাশীদা চংলসি। গুরুদেবনা মাগী শিশ্ত থারক্লে। মফমত্তুদা লাও তাকপিরক্লে। মফমত্তুদা হিরণ্ময়ী লুহোংলগনি। মহাক্না বরম্ব খন্দুনা থক্লে।"

ধনদাসনা মুপী অঙাং পুত্নুনা কাশী চৎনবা খোংশাল্লে। মতম চানা কাশী য়ৌরবদা ধনদাসকী গুরু আনন্দ স্বামী লাক্তুনা মখোইগা উনররে, অত্নুগা লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্তুনা শাস্ত্রগী হৌনবী মতুংইন্না লাঙ-খোৎনবা হায়রম্লে।

লুহোংনবা শাস্ত্রাগী মতুংইন্না লাঙলে; অত্নুবু মনামনিলদি করিমতা নাইদ্রে, ধনদাসকী ইমুং মচুংগী মী নত্তুনা কনা অমতনা লুহোংগদৌরি হায়বসি মনম ফাওবা ফংখিদ্রে। শাস্ত্রগী নিয়মশিংতং ঙাকই হায়বত্নু মঙাইরে।

লুহোংবা মুমিৎকী সন্ধ্যা হৌখ্রে— অহিংগী অহানবা য়ুথক্তা পুংফম লৈ, অত্নুবু য়ুমদা হান্না লৈবা কাংবুত্নু নত্তুনা মীতোপ কনামতম্ব লৈতে। কৈরোই লৈকাই ফাওবা লাক্তে। হৌজিক ফাওবা ধনদাস নত্তুনা অতৈ ইমুংগী কনামতনা, বরনা কনানো, কদাইদা লৈবনো হায়বসি খংদে। ময়াম্না অত্নুক খংনবা হায়ববু, আনন্দ স্বামীনা থাজবা মুপীদি মতিক চাদবা নিপাদা খক থাজদে। মানা করিগী দমক বরগী মীশক তাকথোক্তিব্রনো হায়বত্নুদি মশা মথন্তমক মখংজে— কনানা মাগী পুক্নিংগী রা খংলুনি? ফা অমদা পুরোহিতনা লুহোংবা শোম্নবা পোৎচৈ লাঙলত্নুনা মতোমতা কমত্নুনা লৈ। মপান্দা ধনদাস মতোমত্তা বর লাকপা ঙাইরি। ইমুংদনা লুহোংবগী পোৎলোই শেম্পোৎ শেম্ন্নুনা হিরণ্ময়ী ফম্লি— অসি নত্তবা মফম কৈদা কনাম্ব লৈতে। হিরণ্ময়ীনা

মথৎস্তা অসুম্মক থল্লকই, 'তৌরিবা মতা অসিবু করিনো! অহু অদা থংদে পুরন্দরগা লুহোংদ্রবনিনা— অমগবু হোংলবস্তু, অমগবু হোংলবস্তু মহাক ঐগী ইপুরোইবা হায়বহুদি ওইররোই।'

মতম অসিদা ধনদাসনা মচানুপীবু কৌবা লাক্লে। অহুবু মহাক্তা মচানুপীহু লুহোংফমদা পুদ্রিনৈগী মমাংদা ফী অমনা মমিং অনিহু য়ায়া চেৎনা পুনশিল্লে। হিরণ্ময়ীনা হায়রকই, "করিনো তৌরিবসে বাবা?" ধনদাসনা হায়রকই, "গুরুদেবগী য়াথংনি, নংস্তু ঐখোইগী য়াথং মতুংইনা এবক তৌ। মস্ত্রশিং অহু নবুক্লিংদা অহুম্মক থীয়ু।" মসি তাবদা হিরণ্ময়ী বা মখা অমুক তাদ্রে। ধনদাসনা মমিং উদ্রবী মচানুপীগী মথুং শম্লহুনা লুহোংফম তান্না পুখোরক্লে।

হিরণ্ময়ীনা মফমহু যৌরকপদা মমিং উরম্বা থোক্লবদি মহাক থংলমগদবনি, বরহুস্তু মহাক্তৌনা মমিং পুনশিল্লি হায়বা। অস্তুম্না অতুম লুহোংলে। মফম অতুদা গুরুনে পুরোহিতনে মুপীগী মপানে অসি নত্তনা কনামতা য়াওদে। বর-কন্যা অনিমক অমনা অমবু শকউম্নদ্রে, শকখঙনখিদ্রে।

লুহোংবা লোইরগা আনন্দ স্বমীনা বর-কন্যা অনিমক্তা হায়রকই, "নখোই অনি হৌজিক লুহোংলে, অহুবু নখোইদি অমনা অমবু শকখঙনদ্রে। কন্যাগী লৈশ'বী হায়বা মিংফম অসিমতং কোক্লবা লুহোংবনি, মপোকসিদা নখোই অমনা অমবু উম্নরখিদ্রা হায়বসিদি হায়বা ঙমদ্রে। উনরবা থোক্লবদি, অমনা অমবু শক খঙনররোই। মহু খঙননবা ঐ লম্বী অমা শীনগে। ঐগী খুত্তা খুদোপ অনিথক পায়রি। অনির্মকসি মশক চপ মান্নে। খুদোপসি শারিবা মুংদাসি

মফম কৈদন্থ ফংলরোইদবনি, অতুগা মন্নুংলোম থংবগী মনমদা রাহোং অমা য়েল্লি। মসি অমনা বরদা অমনা কন্যাদা পিরবনি। অসিগুম্বা খুদোপসি কনাগুম্বা অমতনা ফংবা ঙম্নরোইদবনি— মরু ওইনা রাহোং ময়েকসি মালহনবা ঙম্লোই, মসি ঐগী ইখুৎমক্লা য়েকপনি। কন্যানা কনাগুম্বা নিপা অমগী মখুত্তা অসিগুম্বা খুদোপসি উরবদি, মহাক অতু মাগী মপুরোইবনি হায়না খংগদবনি। অতুগা বরনন্থ করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা নুপী অমগী মখুত্তা অসিগুম্বা খুদোপসি উবা থোক্লবদি, নুপীতু মাগী নুপীনি হায়না খংগদবনি। নখোই কনামতা খুদোপসি মাঙহনগনু, কনাগুম্বদন্থ পিথোক্কনু, চরা হেনবা থোক্লবন্থ য়োনথোক্কনু। অতুগা মসিমন্থ ঐগী যাথংনি, ঙসিদগী চহি মঙা শুবা ফাওবা কৈদৌনুংদা খুদোপসি সিবা য়াদে। ঙসি ইঙা থাগী নিনমাং মঙানি পানবগী অহিং দগু তরামাথোই য়োরে, মসিগী মতুংদা লাকপা মঙারক শুরকপা ইঙাগী নিনমাং মঙানি পানবগী দগু তরামাথোই য়োবা ফাওবা খুদোপসি সিবা য়ারোই। ঐনা হায়রিবসি থৌওইদ্রবদি শাথীনা ফত্তবা থোকনি।”

অসি হায়রগা আনন্দ স্বামী চৎখ্রে। ধনদাসনা মচানুপীগী মমিং কিরিবতু লৌথোক্লে। হিরণ্ময়ীনা লৈহৃনা য়েংঙকপদা, ইমুংতুদা মপাগা পুরোহিতকদমক লৈরম্মি— মপুরোইবদি লৈরমদ্রে। মহাক্কী লুহোংবা অহিংতু মথন্তমক লেপ্লে।

# মরিগুবা তান্নক

লুহোংবা লোইরগা ধনদাসনা মুপী অঙাং পুরন্থনা মরৈবাক্তা হল্লক্লে। অম্নুমা চহি মরি অমস্থ হোৎখ্রে। পুরন্দরদি হল্লক্লে—হিরণ্ময়ীগী মফমদদি হৌজিক হল্লকপা হল্লক্কবা অম্মা অহুম্নক ওইরে

পুরন্দরনা হল্লক্কবা চহি তরেৎ শুবে হায়বসি খল্লুবদা হিরণ্ময়ীগী মথল্লাইদা মুংঙাইতবা পোক্লে। মহাক্না খল্লকই, "মানা ঙসি ফাওবা ঐবু কাওবা ঙমদহুনা হল্লক্কবনি হাযবসিদি ওইথোক্কবা রানি। মহাক হিংলমগনি হাযবা থাজদ্রে। ঐহাক মহাক্কী মশক উনিংবগী রাখল লৈতে, ঐহাক হৌজিক অতোপ্পা মী অমগী মুপী ওইরবনি, অহুবু ঐগী পিশক পিক্লিঙৈগী চান্নরবা মকুপ্তুমা অশোয অঙাম লৈতসনু হাযবা রাখলদি করিগী খনবা য়ারোই ?"

ধনদাস অহু হিবম অমনবু ওইববস্থু অমনবু ওইরবস্থ রাখলনা মুংবংনবা হৌরক্লে, মমৈথংদা রাখলনা লাকশিনখিহুনা শাথীববা লায়না ওনখ্রে। মহুনা অহুম্নক মহাক্কী পুন্সি লোমখ্রে। মাগী মুপীস্থ মপুরোইবগী মতুং ইনখ্রে। হিরণ্ময়ীগী মবি-মতা কনা থোইদোকপা লৈজদে। অহুনা মহাক মমাগী মথোং পায়রহুনা য়ান্না কপ-লাওনা হায়জে, "ইমা ঐবু থাদোকপিরমগনু।" অহুবু মমানা মহু তাবিখিবা লৈখিদ্রে। হৌজিক পৃথিবীদা হিরণ্ময়ী মথন্তমক ঙাইহোরে।

শিরমদাইদা হিরণ্ময়ীগী মমানা মঙোন্দা নিংথিনা পাওমেনলম্মি, "ইমাগী ইবেম্মা, নহাক্কী করি রাৎলি ? নপুরোইবনি হান্নবা অমস্থ মরৈগ্রে। কক্লখিবা মতমহু হৌগ্রগা মাগা উনরবস্থ ময়াই। অহুম্নক নত্রগস্থ, নহাক নৌদ-নৌরিব্বী-হায়বহুমক্তি নত্রে। মক্ক ওইনা তেংবান্দা

অথোইবা পাম্বৈ ওইবিগা — লল — নংগীদি মরাং কাযনা লৈবে।"

অদুব খল্লম্বা অদু অবেম্বদা তায়ে — ধনদাসনা লৈখিদ্রবা মতুংদা খংলে, মহাক্কি কবিগুম্বা অমতা থনমদ্রে। লিক-'কাল, দলাল অদুগা ইমুংগী পোংচৈদু নত্তনা অতৈ কবিমতা লৈবমদ্রে। থিজিল্লুবদা হিবণ্ময়ীনা খংলে, ধনদাসতি চহি কযামকম ললোনবদা মাঙদুনতা লাক্লবনি। মদু মহাক্না কনাদসু তাক্থোক্লনা শিনবা কন্না হোৎনবনি। মদুমক্লা মহক্কী রাখল চমন্নবগী মবম্নি। মমেথদা শিদোকপদু ওন্নবা লম্বী লৈখিদ্রে। ধনদাস মথন্না'ই মু ঙাইখিদবনা মশা শোকচিল্লক্কুনা অদুম্মক তে'বান থাদোকখিবনি।

পাওশি অসি তাবদা অতৈ ললোনবশিং লাক্কুনা হিবণ্ময়ীদা হাযববে, "নগী নপা'দু ঐখোইগী লল তোল্লগা শিখ্রে। ঐখোইগী শেন্দোনশি অদু শিউ।" হিরণ্ময়ীনা কুপ্পা থিজিনবদা মখোইনা হাযবিবদু তশেংবনি হাযবা খংলে। অদুদদি মহাক্না অবৈবমখৈ যোম্থোক্কুনা মীগী শেন্দোনশিং পুম্নমক শিখ্রে। লৈবিবা যুম অদু ফাওবা যোম্থোক্লে।

হৌজিক্তি হিবণ্ময়ী লৈত-লাযরগী মৈশানা খা'বা ওমদ্রদুনা নগরগী চিঙাইদা খাংপোক মচা অমদা মথন্তা পুন্সি লেনবা হৌরক্লে। মাগী পাম্বৈ হাযবধু মাবু মুংশিবিবা আনন্দ স্বামীতা মডাইরে, মাস্থ হৌজিক্তি অরাপ্পা লমদমদা চৎখ্রি। আনন্দ স্বামীগী মনাক্তা থাল্লনা মী অমা ফাওবা হিবণ্ময়ীগী লৈফদে।

# মঙাশুবা তাঙ্কক

হিরণ্ময়ীদি মথোক ক'রক্লিবী শক ফজরবীনি— মথন্তা য়ুম অমদা অহিং লেনবা হাযবসি ফজবা থবক নত্তে। খুদোং থীবস্থ য়াই, মীনস্থ থীনা ঙাংনরুম্মি। অমলা কৌবী গোপ মুপী অমা হিরণ্ময়ীগা য়ুমলোম্ননা লৈ। মহাক লুপ্রানি, মাগী পুংকক চাওরবা মচানিপা অমগা মচাম্নুপী খরগা লৈ। মহাক মীয়াই চনশিল্লক্লে। মরমচৎ ফজে হায়না মীনা ঙাংনৈ। হিরণ্ময়ীনা অহিং অহিং লাক্কুনা মাগী ময়ুমদা তূম্লে।

নোংমা হিরণ্ময়ীনা অমলাগী য়ুমদা তূম্বা লাক্লবদা অমলানা হায়রকই, "পাও তারববা, ললোনবা পুবন্দর অতু চহি নিপাললোম লংফৈদা লৈকরুবগা ময়ুমদা হল্লক্লে হায়।" মসি তাবদা হিবণ্ময়ী মমাই লৈথোকখ্রে মমিত্তুগী পিগী ইরা অমলানা উখিদনবা হাংতুনা। পৃথিবীসিদা হিরণ্ময়ীগী লৈরম্বা অরোইবা মরী অতু তংখ্রে। পুরন্দরনা মাবু কাওখ্রে; নত্রবদি হল্লক্লোইদবনি। পুবন্দরনা হৌজিক মাবু নিংশিংলবস্থ কাও-খ্রবস্থ, মাগী করি অমাঙ-অতোং লৈরি? অতুমকপু মানা মুংশিবগী রাখল খন্দুনা পুন্সিচুপ্পা লেল্লক্লিবা, মহাক্কুনা কাওথোকপিখ্রে হায়বসি খল্লুবদা হিবণ্ময়ীগী মথরাইদা অরাবা অমা পোকখ্রে। হিরন্ময়ীনা অস্থুম খল্লবকই,— "কাওথিবদি নত্তে, অতুবু কয়া কুইনা ঐগী দমক লংফৈদা লৈখিনি? অতুগী মথক্তা মপাস্থ নোঙ্গাখ্রে, করম্না ময়ুমদা হল্লক্লবা য়াগদগে?"—অমুকস্থ খল্লকই, "ঐহাক অসি ওক্কবী হায়বীতুমা ওইরে— নত্রবদি পুরন্দরগী রা করিগী খল্লুরিবনো?"

অমলানা হায়রবকই, “পুবন্দরবু নং নিংশিংদ্রবরা ? ললোনবা শচীস্থতগী মচা পুবন্দববুনিনে হাযরিবসে ।”

হি । খংই ।

অ । মহাক হল্লক্রে— লল-থুম হিবোং কযানো পুবক্লিবা, মশীং থিববু ঙম-পোৎ নত্রে । অস্থক যাম্বা লন্দি তাম্রলিপ্তদা কনানস্থ কৈদৌন্নুংদা উখিদ্রি হাযনৈ ।

হিবণ্ময়ীগী থম্মোই পিং পিং চো লক্রে । মাগী নংলিবা ফীভমত্তু নি শিংলক্রে, থাইনগী মবীস্থ নি শিংলক্রে । লাযববগী মৈচাক্তি থাঙওমদবা মৈচাক্লি । মসিগী মহুত্তা অস্থক যাম্বা লন-থুম পুম্নমকসি হিবণ্ময়ীগী ওইবম্বা যাবনি হাযবা রাফমসিবু খল্লুবদা নিংদোল পিং পিং চো লেইদবা মুপীদি তেব নাসিদা লৈবমগনি হাযবা থাজবা রাংলি । হিরণ্ময়ীনা ঙহাক ররখল লৈম্ফেনকুবগা অতোপ্পা রাফমলোমদা চংথখ্রে । মনৈথংদা তুম্মমদাইদা হায়লকই, “অমলা, নংনা হাযখিবা ললোনবগী মচানিপাত্তুবু লুহোং-খো দো লববা ?”

অমলানা হায়রবকই, “লুহোংদ্রি ।”

হিবণ্ময়ীগী হকচাংপুম্বা পুমহিক হিকথখ্রে । অহিংত্তুদা রারি অতৈমুক শাথদ্রে ।

———

# তরুকপুবা তাঙক

মতুংদা নোংমা অমলানা নোক্ল-নোক্লদুনা হিরণ্ময়ীগী মনাক্তা লাক্লগা মুংশি মীচৈ চৈরদুনা হায়রকই, "ওকচখ্রেদকো ইবেম্মা, করি ধর্ম্মনি হাযবগে ?"

হিরণ্ময়ীনা হাযবকই, "কৈদৌববগে ?"

অম। ঐগোন্দা অস্নুক কুইবসি লোৎলিবদি করিগীনো ?

হি। করি লোৎলিবা ?

অম। পুরন্দরগা নংগা অস্নুক খংন-চান্নবসিবু হাযবা।

হিরণ্ময়ীদু হাইফেৎ ইকাযবে, হায়বকই, "মহাক অঙাং ওইবিদৈদা ঐখোইগা কৈবোই-লৈকাই ওইদুনা লৈমিন্নরকই, মদু হায়বগবু করি কান্নফম লৈবগে ?"

অম। চুম্নগী কৈবোই-লৈকাইতবনে ? যেংউসে, ঐনা পুবক্লিবসি কবিনো ?

অসি হাযবদুনা অমলানা কেপ্ অমা পুথোরক্লে ; কেপ্ মনুংদুদগী ওক্ল-ফজববা, মিৎথক্লা লংলবা, মমল যাম্নবা হীবাগী পবং অমা পুথোরক্লুনা হিরণ্ময়ীদা উৎলক্লে। ললোনবগী মচানুপীদু হীবা মশক থংই— ওক্লদুনা হংলকই, "মসিদি মমল ওস্থোক্লা যামখ্রবা পোৎনিনা, কদাইদগী ফংলুই ?"

অম। মসি পুরন্দরনা নঙোন্দা পিরকপনি। নং ঐগী মুমদা লৈ হায়বা তাদুনা ঐবু কৌরগা নঙোন্দা পিনবা পিরকপনি।

হিরণ্ময়ীনা রাখল তৌবকই, লিক অসি লৌম্নবদি পুন্সি কোম্নবা ক্বাওবা লৈত-লায়রগী রাবদি তৌররোই। ধনদাসকী কেনা-লুনা

যোকচবক্লবী মচান্নুপীতু শেৎন-চানবগী দমক্তা অন্নাবা খাংবদা পুঙমদবা অমা ওইনা থোক্লম্মি। মবম অতুনা হিরণ্ময়ীতু ঙহাক ন্নাখলনা চমম্নকবগা ম্নুংশাম্বব মপি হোল্লতুনা হায়বকই, "অমলা, নহাক ললোনব-তুদা হাযক, ঐহাক মসি লৌবা ঙম্লোই।"

অমলাতু পুমঙক ঙকখ্রে। হায়রকই, "করিন্নানো হায়রিবতুবো? নংবু ঙাওববা, নত্রগনা ঐনা হায়রিবসি থাজদতুনা তৌরিব্রা?"

হি। ঐ নংনা হায়রিবতু থাজে— অতুগা ঙাওম্ব ঙাওদে অতুবু ঐহাক মতু লৌবোই।

অমলানা য়াম্না চৈ-থাংবা হৌবক্লে। অতুবু হিরণ্ময়ীনা ম্নকলৌ লৌ হায়বা যাব্রে। অতুদগীদি অমলানা লিক অতু পুবতুনা মদনদেবগী মনাক্তা চৎলে। নিংথৌবু খুরুম্নগা লিক অতু কৎলতুনা হায়রকই, "লিক অসি লৌবিযু। মসি নিংথৌতনা থোনবদা মতিক চাবনি।"

নিংথৌনা লিক অতু লৌবগা অমলাবু শেল যাম্না পিরে। হিরণ্ময়ীদি মতুগী মবমদা নাশোল অমা ফাওবা ফংখিব্রে।

মতুগী ম্নমিৎ খবনিগী মতুংদা পুবন্দরগী মনাইন্নুপী অমা হিরণ্ময়ীগী মনাক্তা লাক্লে। মহাক্না হায়রৈ, "ঐগী ইবুঙোনা হায়বকই, ইবেম্মনা উনাগী খাংপোক মচা অমদা লৈবসি মহাক্কী মথৱাইদা যাম্না ম্নুংঙাইব্রে, ইবেম্মদি মাগী অঙা ওইবিতৈগী মরুপনি, ইবেম্মগী যুমম্ব মাগী যুমম্ব অমতগুম্বনি; মহাক্না ইবেম্মবু মাগী মযুমদা লাক্তুনা লৈবো হায়বগী ন্না নত্তে, ইবেম্মখোইগী হান্নগী যুম অতু মহাক্না ধনদাসকী মহাজন অতুদগী লৈবে। হৌজিক মহাক্না মতু ইবেম্মদা দান তৌজরক্লি; মতুদা লেংশিন্দুনা ইবেম্মা লৈবিযু, মসিনি মানা নিজরক্লিবা।"

হিরণ্ময়ীনা অন্না-অনং কয়াগী চৈনাখোল ফংবদগী, মপাগী মযুম

থাদোকপসিনা খ্বাইদগী হেন্না মথন্নাই শোকপা ওইনা তৌই। মফম অদুদা অঙাং ওইরিঙৈদগী শান্ন-খোংনদুনা লেম্নরক্লবা, মপা মমাগা তিন্নন্না লৈমিন্নজরক্লবা, মফম অদুদা মখোইনা নোঙ্গাখিবসু উজহৌরবা, অদুগুম্বা মফমদুদা মহাক লৈবা ফংজদবসিনা, মাগী নুমবা অন্নাবা ওইনা থোকই। মহাক্না মীনাইনুপীদুদা আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা হায়রকই, "দান অসি ঐহাক লৌবদি চমদে— অদুবু ঐ অপাম্বসিদি থিংবা ঙমদ্রে। হিরম খুদিংমক্তা নংগী নবু ভোগী মঙ্গল ওইবা ওইসনু।"

মীনাইনুবীদু খুকুন্নগা চংখ্রে; ঙসাইনখৈ অমলা মফমদুদা অদুম্মক লৈ। হিরণ্ময়ীনা মঙোন্দা হায়রকই, "অমলা, য়ুমদুদা ঐ ইথম্ভা লৈবা ঙম্বা পোং নত্তে। নসু ঐগা লৈমিন্নরুসি।"

অমলাসু যাবে। মবানিমক চত্তুনা ধনদাসকী মযুমদা লৈমিন্নরুরে। অদুবু অমলানা মতম অযাম্বদা পুরন্দরগী য়ুমদা চংপদু উদুনা হিরণ্মযীনা নোংমদি থিংলে; অমলা অমুক চংত্রে।

মপাগী মযুমদা হঞ্জিল্লকপদগী হৌনা হিবণ্ময়ীদু হিবম অমথক্তা য়াম্না ঙক্না থোক্লে। নোংমা অমলানা হায়রকই, "নহাক ইমুং মনুংগী চান-থক্লবগী মরমদা করিমতা মুংনাংবা পোক্লগনু, নোম-খোংপসু তৌগনু। কোনুংদা ঐহাক থবক অমা ফংলে—হৌজিক ঐ শেল থুমগী অন্নাবা অমুক লৈত্রে। ঐনা ইমুং মনুং পুরগনি। নংনা মুমগী মবেম্মা ওইদুনা লৈয়ু।"

হিরণ্ময়ীসু উরে, অমলাগী শেল-থুম যম্মা নিংথিনা মরাং কায়রে। মপুন্নিংদা চিংনবা মঙল মঙল পোক্লক্লে।

---

## তরেৎশুবা তাঙ্কক

লুহোংবা মতুংগী মঙারক শুবা ইঙাগী নিনমাং মঙানি পানবা যৌরক্লে। হিরণ্ময়ীনা রা অসি নিংশি লুবদা য়াচংলকপা মতমদা মাইথোং লাংশিন্না ফমত্থনা লৈখ্রে। মানা খল্লকই, "গুরুদেবগী য়াথং মতুংইন্না ঐহাক হয়েংদগী খুদোপ অসি সিবদি য়ারগনি। অত্থবু ঐহাক মসিবু সিথিগদ্রা? সিরুরগা ঐ করি কান্নগনি? ইপুরোইবা ফংবদি য়াই, অত্থবু ইপুরোইবদি ঐহাক ফংনিংদ্রে! অতম্মদি ওইরগা পুন্সি চুপ্পা করিগীদমক অতোপ্পা নিপাগী শক্তমদি থম্মোইদা হক্তুনা থমগদৌরিবনো? মনিং মখা তম্নবা পুক্নিং অসিবু লাকথুবদি চুম্মি। নত্রবদি ঐহাক ধর্ম্ম কায়বী হায়বত্থ শোইদনা ওইবা তাই।"

মতম অসিদা অমলাত্থ ঙকপনা চমম্নরত্থনা চংঙক্তুনা হায়বৈ, "ওস্তোকপা হায়বত্থনি! ঐ কন্নিমতা ভাব তাবা ঙমদ্রে। খংদ্রে কবিবু থোক্লগবা!"

হি। কৈদৌরবগে ?

অ। কোন্নুংদগী নংবু লৌবা দোলাইগা লোইননা মীনাই ম্নুপী নিপা লাক্নে। নংবু পুত্থনা চৎকনি হায়রে।

হি। নংবু অঙাও-লাই চুরবরা? ঐবু কোন্নুংদা কৌগদৌরিববু করি মরমগীনো?

তাঙ্গা অসিদা নিংথৌগী ত্থত অমা লাক্তুনা খুরুম্নরে অত্থগা হায়ররে মত্থদি, রাজাধিরাজ পরমভট্টারক শ্রীমদন দেবগী স্না য়াথংনি, হিরণ্ময়ীনা খুদকসিমক্তদা দোলাই তোংত্থনা স্না কোন্নুং তান্না চৎপিগদবনি।

হিরণ্ময়ী পুমঙক ঙকখ্রে, অত্থবু য়াদবদি ঙমদ্রে। নিংথৌগী য়াথংদি

হিক্তোকহৈদে। অদুগী মথক্তা নিংথৌ মদনদেবগী কোম্নুংদা চৎপদি করিগুম্বা চিংনফম অমত্তা লৈতে। মহাক্কি ধর্ম য়াম্না চেনবা অমম্নুং ইন্দ্রি খুদুম চনবা ওম্বা মীনি হাযদুনা ফাওরিবনি। মহাক্কী মঙান্না অঙম্বা কনানম্নু কনাগুম্বী মুপীদা নত্তু-লমচৎ চৎপা ওমত্রিবনি।

হিরণ্ময়ীনা অমলাদা হাযবকই, 'অমলা! ঐহাক নিংথৌ খুরুম্বা চৎপদা তারে। নংস্নু চৎমিন্নকসি।" অমলাস্নু য়াবে।

মহাক্কা লোইননা দোলাই তোংলদুনা হিরণ্ময়ীনা কোম্নুং য়োনা কাবক্রে। থোঙশঙবনা নিংথৌদা হিবণ্ময়ী যৌরক্রে হাযবা পাও হঙ্গৎলুরে। নিংথৌগী য়াথংনা শস্ত্রীশিনা হিবণ্ময়ী মথন্তমক নিথৌগী মাং তান্না পুশিল্লক্রে। গালাবুদি মপান্দা থনম্রে।

## নিপালশুবা তাঙ্কক

হিরণ্ময়ীনা নিংথৌবু উবদা ইওক ওকখ্রে। নিংথৌদু চাওদম শাংদম্বা নিপানি; মথা ফল্লি, মথুৎমশা তশাং তশাংই; য়াম্না নিংথিবা শাবান্নি; লাইবক মকা লাম্মি, কোইরাওনবা মিৎতানি; চিঙ-লেম্বা মাইথোংনি— অম্নুক ফজবা নিপাদি মুজাশিংগী মিৎলমদা য়াম্না তাঙনা উবা ফংই। নিংথৌনম্নু ললোনবগী মচানুপীদু উবদা থংলে, কোম্নুংমনুংদা-ফাওবা অম্নুক নিংথিবীদি য়াম্না অতাঙবীনি।

নিংথৌনা হায়রকই, "নহাক্না হিরণ্ময়ী হায়বীদো?"

হিরণ্ময়ীনা খুম্মি, "মানি, ননাই মুপীনি।"

নিংথৌনা হায়রকই, "করিগী দমক নংবু কৌরিবনো হায়বছু তাও। নংগী লুহোংবগী রাফমছু নিংশিংলিব্রা ?"

হি। নিংশিংজরি।

নিংথৌ। অহিংতুদা আনন্দ স্বামীনা পিবা খুদোপ্পু, নঙোন্দা অতুম্মক লেঙদনা লৈরিবরা ?

হি। মহারাজ! লৈজরি। অতুবু মতুদি য়াম্না লোনখ্রবা রাফম্নি, করম্না মহারাজনা মতু খংবিরুরিবনো ?

নিংথৌনা মতুগী পাওখুমদি পিবা তৌদনা হাররকই, "খুদোপ্পু, কদাইদা লৈ? ঐঙোন্দা উহল্লু।"

হিরণ্ময়ীনা হায়রকই, "ঐহাক য়ুমদা থমজরম্লে। চহি মঙা মপুং ফাগদবা দগু খরদং রাংলি, অতুনা মতু সিবা য়াদে হায়না আনন্দ স্বামীনা তাকপিরম্বা পুংফমছু য়ৌদ্রি।"

নিংথৌ। য়াম্না ফরে— অতুদি নঙোন্দা লৈরিবা খুদোপ্পুগা মান্নবা অতোপ্পা খুদোপ অমা নংগী নপুরোইবদা আনন্দ স্বামীনা পিরমই-দনা, মতু মশক উরগা খংবা ঙমগদ্রা ?

হি। খুদোপ অনিমক মশক চপ মান্নে ; অতুনা উরবদি খংগনি।

মসি তাবদা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না থোঙশঙবনা শনা মচুগী কেপ্ অমা পুরক্লে। নিংথৌনা মতুগী মনুংদগী খুদোপ অমা পুথোরক্লগা হায়রকই, "য়েংউ, খুদোপসি কনাগীনো ?"

হিরণ্ময়ীনা খুদোপ্পু থাওমৈ মঙালদা কুপ্না মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "মহারাজ! মসি ঐগী ইপুরোইবগী খুদোপনি, অতুবু স্নাখুত্তা করম্না লৈরম্লিবনো ?" অতুদগী ঙহাক রাখল তৌরগা হায়রকই, "মহারাজ!

মসিনা তাকপদি, ঐ লুখ্রা ওইরে অসিনি, মপু লৈত্রবা অশিবা মীগী মরলছু স্নাখুৎ য়োরকপনি। অছু নত্রবদি মহাক্না হিংলিমখৈদি মসি থাদোকপা হায়বসি ওইথোক্লবনি।"

নিংথৌনা নোক্লহুনা হায়রকই, "ঐনা হায়বা থাজৌ, নং লুখ্রা নত্তে।"

হি। অছুদি ঐগী ইপুরোইবছু ঐঙোন্দগী হেন্না লায়ররম্বা তারে। পৈশা পামহুনা মছু য়োম্থোক্লকপনি।

নিংথৌ। নংগী নপুরোইবদি ইনাকখুনবা নিপানি।

হি। অছু ওইরগনা মহারজনা নম-হাহুনা লৌশিংনা মছু মঙোন্দগী লৌথোকপিরকপনি।

নিংথৌহু অসিগুম্বা ইচং থৌবগী রাঙাং তাবদা অঙকপা অমা পোক্রে। হায়রকই, "নং অসি ওম্থোক্না হায়ঙম-তৌঙমদ্রে, নিংথৌ মদনদেববু হুরানবনি হায়বা, অহুম্বা রাহুদি কনানমু হায়খিদ্রি।"

হি। নত্রবদি খুদোপসি কদাইদগী ফংবিরুরিবনো?

নিংথৌ। আনন্দ স্বামীনা নংগী লুহোংবগী অহিংহুদা মসি ঐগী খুত্তা সিজিনবিবনি।

মছু তাবদা হিরণ্ময়ী ইকাইবনা মমাই লুকথরহুনা হায়রকই, "ইবুঙো! ঐনা লঙজখিবা ইরাল ঙাকপিয়ু, ঐসি রাখল থেল্লবীনি, খংজদবনা অহকপা রা কয়ামরুম হঙ্গৎচগ্রে।"

---

# মাপলগুবা তাঙ্কক

হিরণ্ময়ীবু রাণী, মসি তাবদা হিরণ্ময়ী ওকপগী পন্দোল লোমখ্রে ; অদুবু খজিক্তা ফাওবা মথরাই হুরাওদে ; অহোইনত্তম মাইখোং লাংশিনখ্রে । মানা খল্লকই, "ঐহাক মতম অম্বক কুইবসি পুরন্দরবু ফংদি ফংদে হায়ববু, অতোপ্পা নিপাগী মুপীনি হায়বা রাখলগী চৈনাখোলদি ফংদে । হৌজিক্তগীদি ঐহাক মৈশাদু লাংবা হৌরে । ঐহাক্তসি থম্মোইনুংদদি পুরন্দরগী মুপী ওইদুনা লৈরে— অদুগা করম্মা মীতোপ-নীংবী ঐনা পুকচেল চাওরবসিগী ইমুং মকহল্লুগনি ?' হিরণ্ময়ীনা অম্মুম্মা রাখল তৌবিঙৈ তাল্লকসিদা নিংথৌনা হায়রকই, "হিরণ্ময়ী ! নহাক ঐগী রাণীনিদি হায়ববু, নংবু লৌশিন্দ্রিবগী মমাংদা ঐনা হংগদবা রারম খরা লৈ । নহাক মমল পিদনা পুরন্দরগী ময়ুমদা লৈরিবা করিগীনো ?"

হিরণ্ময়ী মমাই লৈদা লুকখে । নিংথৌনা অমুকস্থ হন্না হংলকই, "নংগী ননাইনুবী অমলানা মতম অযাম্বদা পুরন্দরগী ময়ুমদা চংথোক চংশিন তৌবনা মরম করিগীনো ?"

হিরণ্ময়ীদু অমুক্তা হেন্না ইকাইবনা মমাই লৈখা তমখ্রে, অদুগা খল্লকই, 'নিংথৌ মদনদেবসিবু লাইগুম্না পুম্নমক খঙ-উরবরা ?'

অদুদগী নিংথৌনা অমুক হায়রকই. "মসিদগী হেন্না হকচিনবা রা অমস্থ লৈরি । নহাক অতোপ্পা অমগী মুপী ওইরগা পুরন্দরনা পিরকপা হীরা-পরেং লৌরিবনা করিগীনো ?"

হন্দক্তি হিরণ্ময়ী রা ঙাংলক্রে । হায়রকই, "ইবুঙো ! খংজরে, নহাক পুম্নমক খঙ-উবদি নত্রে । হীরা পরেংদুদি ঐহাক হনখি ।"

নিংথৌ। নহাক পুরেংহু ঐঙোন্দা য়োম্হোকপনি। য়েংউ অসে পরেংহু।

অসি হায়রদুনা নিংথৌনা কেপ্. মমুংদগী হীরা পরেংহু লৌথোক্লগা উৎলক্লে, হিরণ্ময়ীনা পরেংহু মশক খংলদুনা পুমওক ঙকখ্রে। মানা হায়রকই, "ইবুঙো! হীরা পরেংহু ঐ ইশামক লাক্তুনা মহারাজদা য়োল্লবরা?"

নিংথৌ। নংনদি য়োল্লদে, নংগী ননাইমুবী হায়গদ্রা হুতী হায়গদ্রা অমলা লাক্তুনা যোল্লবনি। মহাকপু কৌহল্লুরা?

হিরণ্ময়ীগী অশাওবা মমি তারবা মাইথোংদুদা হাইফেৎ মোমোন মীনোক্লা লৈতেংলক্লে। মহাক্লা হায়রকই, "ইবুঙো! লঙজবা পুম্বা ঙাকপিয়ু। অমলাবু অমুক কৌরুবগী কান্নফম লৈতে, ঐ ইশানা য়োনবনি হাংবসি য়াজরে।"

হন্দকী রাসি তাবদা নিংথৌ ঙকপগী পন্দোল লোয়ে। হায়রকই, "মুপী ওইবীগী লমচৎসিদি খংবা ঙম্বাপেৎ নত্তে। নহাক মীতোপ অমগী মুপী ওইরগা পুরন্দরনা পিরকপা লিক অসি লৌরিবদি করিগীনো?"

হি। মুংশি খুদোলনি হায়দুনা লৌবনি।

নিংথৌহু অমুক্কা হেন্না ঙকখ্রে। হংলকই, "করি হায়বা? করম্বা মখলগী মুংশি খুদোল?"

হি। ঐদি ওক্তবীনি। মহারাজ! ঐ অসি মহারাজনা লৌবিবদা মতিক চাবী নত্তে। ঐনা খুরুমজরি, ঐবু থাদোকপিরো। ঐগা লুহোংখি হায়বসি কাওথোকপিখ্রে।

হিরণ্ময়ীনা নিংথৌবু খুরুম্বগা চৎকদবগী খোং-থাংদোকপ হৌরক্লে,

তাঙ্গাসিদা নিংথৌগী অঙকপনা থল্লবা মাইথোংছু খংহৌদনা মকা লাম্লক্লে। মহাক য়াম্না হৌনা নোক্লক্লে। মহু তাবদা হিরণ্ময়ী মমাই খংলে লৈশিল্লকই।

নিংথৌনা হাযরকই, "হিরণ্ময়ী! নংনা মাইপাক্লে, ঐ মাইথিরে। নংস্থ ওক্কবী নত্তে, ঐস্থ নংগী নপুরোইবা নত্তে। চৎখিন্থ ভাইখো।"

হি। মহারাজ! অহুদি তৌরিবা থৌদোক মতাসিদি করিনো, ননাইদা অমুক্তা নিংথিনা তাকপিয়ু। ঐদি করিস্থ লৈত্রবী মুপী'ন, মহারাজগুম্বা মতিক মগুণ চাওরবা নিংথৌরেন অমনা ঐগুম্বী অমদা লঙনবিবদি মতিক চাদে।

নিংথৌনা নোক্ন নোক্না অত্নমক হাযরকই, "ঐগুম্বা নিংথৌতনা অসিগুম্বা মরঙনা অসি তৌগদবনি। চহি তকক্কী মমাংদা, নংনা লাইরিক ইবা চেজেং অমখক নংগী লিক-কোল মরক্তা থেংনখিবহু লৈবিবরা?"

হি। মহারাজ! মহারাজদি পুম্নমক খংবি-উবিবা লাইমক্কি, চেজেত্তু য়ুমদা লৈহৌই।

নিংথৌ। নহাক দোলাই তোংতুনা অমুক হন্না নয়ুমদা চৎলগা চেজেত্তু লৌরুচো। নং হল্লক্লগা ঘারি ঘাখোং পুম্নমক ঐ তমগে।

---

## তরাশুবা তাক্ক

হিরণ্ময়ীনা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না দোলাই তোংহ্নুনা ময়ুমদা হল্লক্লে অমসুং চেজেত্তু লৌরগা অমুক নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লে। নিংথৌনা চেজেত্তু য়েংলগা অতোপ্পা চেজেৎ অমা কেপ্‌ মন্নুংদগী লৌথোরক্তুনা হিরণ্ময়ীদা পিরে। অদুগা হায়রকই, "চেজেৎ অনিদু তাইশিন্নৌ।" হিরন্ময়ীনা অনিদু তাইশিন্নদুনা য়েংবদা চপ চানরে। নিংথৌনা হায়রকই, "তাইশিন্নরগা পারকউ।" মদু তাবদা হিরণ্ময়ীনা মখাদা ইরিবা অসুম্না পাথরকই।

(পাঙ্গী হোত্তুনা য়েংবদা খংলে) মদুদি, নংনা নিংলিবদু পাংথোকপা য়াবা থোক্লে। (হিরণ্ময়ীগুম্বী শনাগী লাই) মানবীবু কৈদৌনুংদা লুখ্রা ওইহনবদি চুমদে। মহাক (লুহোংলবদি শাথীনা ন্নাগনি)। মহাক নৌনা লুখ্রা ওইগনি, মহাক্কী কোক্টীনা তাক্লি। অদুবু চহি ত্তা (ফাওবা অমগা অমগা) মতে মনাও শক উনহন্দ্রবদি, গ্রহ অসিদগী নাম্থোক্লবা মরম ঐনা শীনবা ঙমগনি।

পাবা লোইরগা নিংথৌনা হায়রকই, "চিঠি অসি আনন্দ স্বামীনা নংগী বাবাদা ইরকপনি।"

হি। মদু হৌজিক্তি ভাব তাজরে। মরমদি, ঐখোয়গী লুহোংবা মতমদা মিৎ অসি থুমজিল্লি— করিগী দমক্তা লোম্মা অঙকপা মরুহোঙ অদু হোঙথ্রিবনো— করিগী দমক্তা চহি মত্তা খুদোপ সিবা থিংজিল্লিবনো হায়বদু হৌজিক্তি খংজরে; অদুবু অতৈদি করিমতা ভাব তাবা ঙমজদ্রে।

নিংথৌ। অদুগা হায়বদু থংলিবদু মত্তাইদু চিঠি অসি ফংবদগী

নংগী বাবানা পুরন্দরদা নংবু থাজবত্থু থিংখিবনি। মত্থুগী মুংঙাইত্তবনা পুরন্দর সিংহলদা চৎখিবনি।

অসোমদা আনন্দ স্বামীনা নংবু থাজনবা নিপা অমা কোইথিথিরে। নিপাত্থুগী কোষ্ঠী য়েংবদা চহি মরিফু পুন্সিগনি হায়বা খংলে। অত্থুবু চহি কুননিপাল লান্দ্রিবগী মমাংদা শিবা য়াবা লাংফম অনদি লৈ। পাঞ্জী হোত্তুনা য়েংবদা, হায়রিবা চহিসি লাম্থোক্লিবদা, লুহোংবগী চহি মঙাগী মনুংদা, নুপীগী ফমুংদা তুম্না তুম্না শিবা য়াবগী লাংফম লৈ। অত্থুগা করিগুম্বা মঙ অমা তৌত্থুনা চহি মঙাসি লিৎথোকহৌবা ঙম্লবদি, মহাক পুন্সি খোয়শাংনা পানগনি।

মরম অসিদগী নিপাত্থু চহি কুনত্থুমদোই হেক লাম্থোকপগী তাঞ্জাদা লুহোংবা তাই হায়না লেপ্লে। অত্থুবু মতম অস্থুক শাংনা নহাক থাজ-য়োঞ্জদত্থুনা থম্লবদি নপুক্লিং মরাং মরাং তৌরক্কদ্রা নত্রগা লোপ্না কনাগুম্বা অমগা চেন-চোংথিগদ্রা হায়বসিগী খন্দুনা, নংবু কিহন্নবগী দমক চেজেৎ অসি নংগী লিক-কোল মরক্তা হাপচিনবনি।

অত্থুগী মত্তুংদা, লুহোংলবদা, চহি মঙা নশক উনদনবা শীনখিবা খৌরম পুম্নমক্তুদি নংনা খংলিবত্থুমঙাই। মরমসিদগী নখোই অমগা অমগা নশক ফাওবা খংনদ্রিবত্থুনি।

অত্থুবু হন্দক্তা থা কয়ামরুম ফারে, য়াম্না চাওবা ম্বা অমা থোকখ্রে। থা কয়ামরুমগী মমাংদা আনন্দ স্বামীনা নগর অসিদা লাকপদা নংগী অরা-অনং তাবদা মথম্নাই য়াম্না মুংঙাইখিদ্রে। মহাক নংগী ফীভমত্থু চত্তুনা য়েংলুই, নংগদি উনরক্তে। মহাক লাক্লগা ঐঙোন্দা নখোইগী লুহোংবগী য়াফমত্থু লোইনা শিংনা তম্লে। অত্থুদগী হায়রকই, 'ঐহাক

হিরণ্ময়ীনা অসুক শাথীনা নংলে হায়বসি খংলম্লবদি, কোরুবা উপায় তৌরমগদবনিঁ। হৌজিক্তি মহারাজনা মাগী অরাবসি কোরুবা উপায় তৌবিয়ু। মসিগী দমক ঐহাক মহারাজগী লম্মন তোন্দুনা লৈরবনি। লম্মন্দু ঐহাক শোইদনা শিংগনি। হৌজিক্কী দমক্তদি ঐনা হায়জবা অমতং পাঙনবা শীনবিবা তাই। হিরণ্ময়ীগী মপুরোইবত্থ হৌজিক নগর অসিদা লৈ। মখোই অমগা অমগা শকউনদনবা হোৎনবিয়ু।' অসি হায়তুনা নংগী নপুরোইবগী মমিং-মথা ঐঙোন্দা তাক্লে। মুমিত্তুদগী অমলানা নংগী লৈত-লাইর কোকহল্লকইবা শেলশিংথু, ঐঙোন্দগী ঙাক্তনি। ঐনা নংগী অহল-লমনগী য়ুম অত্থ অমুক হন্না লৈত্থনা নংবু লৈহনবনি। হীরা পরেংস্থ ঐনা থাখিবনি। মত্থ নংবু চাংয়েংননবগী দমক্লি।

হি। অত্থদি মহারাজনা খুদোপাসিদি কদাইদগী ফংবিরুই? করিগী দমক্তা ঐঙোন্দা ঐগী ইপুরোইবনি হায়না তাকাপিত্থনা লৌনখিরিবনো? ঐবু পুরন্দরগী ময়ুম্দা লৈ হায়ত্থনা করিগী অশাওবা উৎপিরিবনো?

নিংথৌ। আনন্দ স্বামীগী ময়াথং হেক ফংবা খুদক্তুদগী ঐহাক নংবু লোন্না শঙবা মী থারবনি। মুমিৎ অত্থমক্তদা অমলাগী মথুক্তা নং যৌনবা হীরা পরেংথু থাবনি। অত্থগী তুংদা ঙসিসি চহি মঙা মপুং ফারে হায়বা খংত্থনা, নংগী নপুরোইববু কৌহল্লুরগা ঐনা হায়, ‘নংগী লুহোংবগী রারমপুম্বা ঐ খংই। নংগী খুদোপ্তু পুত্থনা অহিংগী দণ্ড তরামাথোই য়োরকপদা লাকউ। নংগী মুপীগা থেংনগনি।’ মসি তাবদা মানা হায়রকই, ‘মহারাজগী স্নায়াথং কোকথক্তা হাপচরে; অত্থবু ঐগী হাওমুবীগা উনজবা ঐহাক পানজদ্রে। উনদবনত্থম হেন্না করগনি।’

ঐনা হায়, 'ঐগী য়াথংনি।' মত্তুদদি নংগী নপুরোইবত্থু য়ারে, অত্তবু হায়রকই, 'ননাই ঐগী হাওন্নবীত্থু মরমচৎ চুম্লিত্রা চুমত্রবরা হায়বত্থুদি মহারাজনা খংবিগদবা মঙাইরে। মরমচৎ চুমত্রবী মুপীবু লৌ হায়না ননাইদা তাকপিরবদি মহারাজনা দোষ পুবিবদা তাই।' ঐনা খুম্মি, 'খুদোপ্পু পিরম্মু। ঐহাক নংগী মুপীত্থগী মরমচৎ চাং য়েংলগা লৌ লৌম্মু হায়বত্থু হায়গে।' মহাক্না হায়রকই, 'খুদোপসি অতে কনাগুম্বদদি ফনা থাজত্থনস্থু শুকপি পিজরোইদবনি, অত্তবু মহারাজবুদি ননাইনা চিংনজবা লৈজদে।' ঐনা খুদোপ্পু লৌহৌরগা নংবু চাংয়েংবদা নংনা মাযপাক্লে।

হি। করি চাংয়েংখিবগে হায়বত্থুদি ননাইদি করিম্থু খংজদে। তাঙ্গাসিদা কোম্মুং মম্মুংদা মঙ্গলগী পুং-শেল য়ৈখৎলক্লে। নিংথৌনা হাযরকই, "অহিংগী দণ্ড তবামাথোই হোখ্রে— চাংয়েংগী রাত্থু কোম্না হাযবগে। হৌজিক্তি নংগী নপুরোইবা লাক্লে, অফবা পুংফমদা পুম্মি তোলোইনবা নিংথিনা শক খঙনহৌ।"

তানফমসিদা মম্মুংলোমদগী কা অত্থুগী থোঙ হাংদোক্লক্লে। রাং চাওরবা নিপা অমা থোঙ অত্থু লাম্থোক্কুনা কা মম্মুংদা চংলক্লে। নিংথৌনা হায়বকই, "হিরণ্ময়ী, মহাকসিনি নংগী নপুরোইবা।"

হিবণ্ময়ীনা লৈত্থুনা খেংলকই, মকোক্কু উরু উরু লৈখ্রে— মঙলা তাইবংলা জ্ঞান তাখিদ্রে। মহাক্না মমিত্রা উরক্লে পুরন্দর।

মখোই অনি অমনা অমবু হেক উনবদা চমম্থখিবনা আম্লাওরগুমখ্রে। কন্যামৃতনা করিগুম্বা থাজবা অমত্না পোকখিদ্রে।

নিংথৌনা পুরন্দরদা হায়রকই, "মরুপ, হিরণ্ময়ীসি নংগী মজিক

…থী মুপীনি, ভরাম-ভরাম্না মাবু ময়ুমদা পুন্নিখো । মহাক্ন ওসি …াওবা নংবু হাম্নজন্না অত্তম্মক মুংশিরি । ঐহাক অহিং মুংখিল নাইদনা …াবু মী শঙহন্দুনা থম্বদা, মহাক মপ্পুকচেন লোওন্দবীমি হায়রবসি ভশেংনা থংলে । নংনা পাম্বা মতুংইন্না মাবু চাংয়েংলে,. ঐ অসিমক মাগী মপুবোইবনি হায়রুরবনি, অদুবু লৈবাক্কী মবেম্মা ওইগনি হায়বগী মিহৌবনা, নংগী রাখলবু মহাক কাওথোকপা ওমদে । ঐহাক মাগী মপুরোইবনি হাযজিন্দুনা, নংগা মাগা অরোনবা শাজত্তা মুংশিনমাল্লে হায়নসু হাযকুববনি । মতুদা হিরণ্ময়ীনা মথন্নাই য়াম্না রারবা, ‘ঐ লাঙ্গদে, ঐবু লৌশিনযু’ হাযজরম্লবা, অদু ওইববদি হিরণ্ময়ীনা নংগী রাখল তৌগ্রে হাযবসি খংগদবনি । অদুবু হিরণ্ময়ীনা মদু হাযদদুনা ‘মহারাজ, ঐ ওক্তবীনি, ঐবু থাদোকপিয়্’ হায়খি । হিরণ্ময়ী ! নংনা মতমদুদা খনখিবা নপুক্লিংগী রা পুম্নমক ঐ খংই । নহাক্লা অতোপ্পা নপুবোইবা অমগা তোৎন-তিন্ননা লৈবোই হায়বগী দমক্তা নশাবু ওক্তবীনি হাযনা লাওথোকচখিবনি । ঐহাক্লা হৌজিক আশীর্ব্বাদ তৌবি, নখোই মুংঙাইনা পানবা ওইযু ।”

হি । মহারাজ ! ননাই ঐঙোন্দা বাফম অমতংগা নিংখিনা খংহনবিখো । মহাক্তি সিংহলদা লৈখিবনি, কাশীদা কবম্না ঐহাক্না লুহোংখিবনো ? মহাক্লা মতমদুদা সিংহলদগী হল্লক্লম্বা থোক্লগনা, ঐখোই কনামতা খংন-তানদবনা করিগীনো ?

নিংথৌ । আনন্দ স্বামীগা পুরন্দরগী মপাগা তান্নদুনা সিংহলদা মী থারগা মাবু সিংহলদগী চুমথ্রিং কাশী তান্না পুরকপনি, অদুদগী অমুক মহাক কাশীদগী সিংহলদা অত্তম্মক হুনখিবনি, তাম্রলিপ্তদি ওকয়ৌ য়ৌরক্তে, অদুনা নখোই কনামতা খংন-তানখিদবনি ।

পুরন্দরনা·হায়রকই, "মহারাজ! মহারাজনা ননাই ঐগী পুন্সি
নিংবা থুংহনবিবা অসিগুম্না, তেংবান মপুনা মহারাজসীংহু নিংবা পুন্সম
থুংহনবিবা ওইসন্নু। ঐনা ওসি মুংঙাইজরিবা অসিমুক মুংঙাইবা মী
অমতা মহারাজগী লৈবাক্তা লৈখিদ্রি।"

লোইরবা